# লেঙদ্রবা মঙাল

[ চিলড্রেন বুক কমপিটিসনদা অহানবা মনা ফংলবা ]

চন্দ্র নোংথোম্বা

SARAT PUBLICATIONS, OINAM BAZAR, MANIPUR.

[ মণিপুর সরকার ইডুকেসন ডিপার্টমেন্টনা পিনবা ১৯৮৮ ইং
গী অঙাঙশিংগী ওইবা পানবা লাইরিক কম্পিটিসনদা শ্রৌরি

# লেঙন্দ্রবা মঙাল

*A Devotional Story for Childrens*

**Dedicated to the Childrens of this Country with affection & Love.**

শরৎচন্দ্র নোংথোম্বা এম, এ,
লেকচরর
মংখোল এল, সানোর কলেজ।

LENGDRABA MANGAL By Sartchandra Nongthomba.
A Book of devotional story 1988/SP/S.



কোংজবা :—
কুমারী [illegible]
[illegible],
[illegible] বাজার মণিপুর[illegible] কোঙবা ।

[illegible] কোঙবা
ন[illegible] — ১৯৮৮
কমী [illegible]



কাংকম খোকপা পুম্বা অইবগীনি।
কোপি অমগী মমল রুপা ১৫

নম্বম :—
নিমাই এণ্ড সন্স প্রিন্টিং ৱার্কস
পাওনা বাজার, ইম্ফাল ।

This book has been awarded Ist Prize in childrens book competition for the year 1988 and published with the help of publication grant from the Director of Education (s), Government of Manipur.

# ৱাম্নাঙ য়ানবা

ঈশ্বর লৈ।

ঈশ্বরবু লৈতে হায়না খনবসিনা মীওইবনা অরানবা থবক কয়া পায়খৎনরকই। মদু খনব্দে। ঐখোয়গী নীং-তমলবা থম্মোয়দা ঈশ্বরগী দণ্ডি লৈ হায়না কিবদগী তৌনিংবী ফত্তবা থবক কয়া খুং থাবা ঙমনদে। মদুনা মীওইবা জাতিগীদি ক্ষয়াদ কান্নরবা!

ধর্ম্ম কর্ম্মগী ৱারী লাইরিক কয়াগী মপান্না ঙসিগী লাঙলবা পৃথিবী অসি ঙসি ফাওবসিদা ঈংথনা লৈবা ঙমলিবনি। নক্ষত্রবদি নহান্না মচেৎ-মচেং তান্নুনা উকুল ওনথ্রগদবনি। অদুনা দিভোসনেল ওইবা ৱারীশিং হৌরকলিবা অঙাংশিংগী মফমদা খর-খর তাহনবসিসু য়ুগসিদা য়াম্নমক তঙাইফদ্রবনি হায়না খল্লে। মসিনা নৌরিবা অঙাংশিংগী মফমদা পুক্নীং হকচাং খরদংদা ওইরবসু শেংদোকপা ঙমগনি হায়না খল্লি। অঙাংদা ঈশ্বর লৈতে হায়না হায়বীবা নাল্লি। ঙসিগী য়ুগতা মীওইবনা বিজ্ঞানগী থাক অসি য়োনা চাউখৎলবদা ঈশ্বরনা করি তৌবীবা ঙমই হায়না হায়বীবসি অচৌবা পাপ অমনি। মসিনা অঙাঙশুগী মোরেল মাওহন্নবদা অচৌবা মতেং ওইগনি।

ফনা লাইরিক হৈরবস্থ মোরেল য়াওদ্রবদি করম্মা জাতিগী, সমাজগী খনবা ওমগনি ? মোরেল য়াওদবা মীদি মাঠা খরদং য়াওরবা য়োং চিম্পানজিগুম্বনি হায়নিংই। লাইরিক লাইগু হৈরবা মীওইবনা ঈশ্বরবু শীংনবদি চুমদে হায়না খল্লি। ঐখোয়না খক ঈশ্বরগা শীংনবা ওইথোকলোই। ঈশ্বরনা মী শেমলম্মী হায়ত্রুনা বিজ্ঞানগী পাম্বৈনা বিজ্ঞানীশিংনা য়োবোং শেমলি। মীওইবগুম্মা থবক তৌরি, বা ওাঙলি। অদুবু য়োবোং অমনা য়োবোং অমবুদি পোকপা ওমখিত্রা ?

মীওইবনা ওমবসি ঈশ্বরগী খুংশেমদগী মতৌ তম্বদি ওমই। হেন্না মান্না পুথোকপস্থ ওমগনি। অদুবু অহানবা খুংশেমহুদি ঈশ্বরগীনি। ঈশ্বর ওসিস্থ লৈরি। মওোন্দা ভক্তিগা লোয়ননা থবক থৌরম খুদিং হোংনজরবদি মায় পাকপা ওমগনি নত্রবদি পুল্লিদা মায় পাকপা ওমলোই।

রাফম অসি পীকলিঙৈদগী অঙাঙশিংবুস্থ খঙহনখিবা য়াম্না কান্নগনি খল্পবদগী দিভোসননেল ওইবা ৱারী খরদং খল্পরুবনি। নৌরিবা অঙাঙশিংনা পানিংগদবা, তানিংগদবসি করম্বা ৱারীবু পামগদগে হায়না অস্থম খল্পখি। খঙহৌদনা ধ্রুবতারাগী মঙালগুম ঐগী ৱাখলদা ওাল্লকখি ৱারী অদু — ভক্ত ধ্রুবগী ভক্ত ধ্রুবনা অঙাঙ ওইরিঙৈগী ৱারীসি য়াম্নস্থ চুনগনি খল্পবদগী লাইহরিক অসি ইজখিবনি। ধ্রুবগী ৱারীদা মমল য়ামলবা

পাউতাক কয়া য়াওরি। মসিদগী খরদং অঙাওশিংদা মমি তাহনবা ওমলবদি মখোয় মপুকচেল শেংবা পুকচেল চাউবা, মীনুংশি থওবা মী ওইরকপদা মতেং ওইগনি হায়না থঞ্জরুব- দগীনি। মোরেল মাওশিল্লকলবা ওসিগী পৃথিবী অসিদা হৌরকলিবা তুংগী য়ুম্বীরেল ওইগদৌরিবা অঙাংশিংনা লাইরিক- সিদগী কান্নবা মচেং অমতং ফংজনা মচেং তারগদবা মালেমবু শান্তি পুরকপদা মতেং পাংলবদি হোংনজবগী মহয় য়াল্লে থঞ্জগনি।

—শরৎচন্দ্র নোংথোম্বা

# লেঙদ্রবা মঙাল

## ১বা মতাং।

অঙাঙশা!

নখোয় করিগুম্বদা নোং মংদবা তশেং—তশেংবা নুং মদাং অমদা কোয়থোকলুরব্রা? করিগুম্বা নখোয়না অসিগুম্বা নুমিৎ অমদা মকোয় শেংলবা অতিয়াদা য়েংলবদি মশীং লাকঙমদ্রবা পরান্মীচাক্কী সমুদ্র উবা ফংগনি। মখোয়শিংদুগী মমুংদা অবাং পাংনা মতম খুদিংমক্তা তোমথিন ওইনা চাউনা ঙান্দুনা লৈবা থবান্মীচাক অমত্তু উবা ফংগনি। মসিবু ধ্রুবতারা হায়না খঙনৈ। ইংরাজীদা "পোল ষ্টার" হায়নস্থ খঙনৈ।

থৱাম্মীচাকশিংসিবু নখোয়না মুতিগী অমুম য়েংলবদি খণ্ডবা ওমগনি মতুদি অতৈ অতৈ গ্রহ উপগ্রহশিংগুম্মা মখোয়শিং অসিমু কোয়না লেগুমুনা চংলি। হৌজিক লৈহৌবা থৱাম্মীচাক অমু পুং খরগী মতুংদা মফম ওন্নমগনি। অমুগা খতু অমদা উথিবা থৱাম্মীচাক অমু অতোপ্পা খতু অমদা উদবমু য়াওগনি। উথিদবা কয়াম্মু উরকপা থেংনগনি। মসিগী মরমদি মখোয়শিং অসিমু লেঙই হায়বসিনি। অমুবু ঐখোয়না মথক্তা পনখ্রিবা ধ্রুবতারা হায়রিবা থৱাম্মীচাক অসিদি মতম খুদিংমক্তা অৱাংদতমক মফম হোংবা তৌদনা লংনা চাউনা ওান্দুবা লৈগনি। মহাক্কী মঙালদি অতৈ থৱাম্মীচাকশিংদগী তোমথিন ওইনা উগনি মতুন। অমম্বা অহিংদা মাবু থিবদি য়াম্না লায়না থোক্কনি। মসিনা মফম লেঙদনা মতম খুদিং ওান্দুনা লৈরিবসিগী মরম নখোয় খণ্ডরা? মানা নম্মুকরবা যান্ত্রিক কয়াগী মতেং পাংলিবনি, লম্বী তাক্ষবগীদমক লেপলিবনি হায়না গীওইবনা পাজনরি।

মমাঙঙৈগী মতমদা সমুদ্রদা থাপ্পা ললোন-ইতিক তৌবা চংপা হিহানবশিংনা নুমিং করানি পাকলবা সমুদ্রগী ওমথৈ নাইদ্রবা ইগায়দা খোঙশাল্লকপদা মাৱকে ঙাওবা অসি তোয়না থেংনৈ। ঐখোয়মু ঐখোয়না মাৱকে লেপ্পা ওৱালিবসি

অককপনবা পোৎশক থম্বু য়েন্লগনি। অমবা কা অমদা মিং খুম্বজিন্নগা থাজিন্নবদি ঐখোয়না ঐখোয়গী লম্বী খঙবা ঙমদে। অদুগুম্বা হিগোনবশিংনা ঈশিং নঙনা করিদুম্ উবা ফংদ্রবা পাকপবা সমুদ্রগী ঈমায়দা সুমিৎ কয়ানিমক্কম অহীং মুংথিল নাইদনা হি হোন্দুনা চৎলিবনি। অদুদি মতৌ করম্বা মখোয়না মখোয়গী মায়কৈ লেপতুনা লমথুংকম য়ৌরকপা ঙমনরিবনো? হোয় ! অমুক মুংথিলদদি সুমিৎ থোরকপা অমদি তাবকপগী মায়কৈ য়েংলগা চাউরাকপা মায়কৈ লেপনৈ। মুংম্বিদাংদদি করিদুম্ উপাই লৈবা নত্তে। মতমসিদা লম্চুম্বা যাত্রিকশিং অসিগী লম্বীবু ধ্রুবতারানা তাকই। মরমদি ধ্রুবতারাদি মতম খুদিংমক্কা অয়াংদতা থোকই হায়বসি হায়খ্রে। অদুনা হিগোনবশিংনা ধ্রুবতারানা থোকপা মাইকৈদা মায় ওন্দুনা লেপলগা খুৎ তিংথোকলবদি মাঙনা অয়াংনি, তুংনা মখানি, খুৎ য়েৎনা নোংপোকনি অদুগা ওয়না নোংচুপনি হায়বসি খঙবা ঙমলে। মসি খঙলবদি মখোয়না চৎকদবা লম্বী লায়না খঙবা ঙমলে। মসি ধ্রুবতারানা মীওইবদা পীবা অচৌবা মতেং নত্রা?

ঙসিদি বিজ্ঞানগী মতেংনা মায়কৈ তাক্রবা অঙকপা যন্ত্র মথক্‌ল কয়া পুথোক্কনা শিজিন্নরে। অদুম ওইনমক যন্ত্রশিং অসিদি মীওইবনা শেম্-শাবা য়েচিন ওইবনা করিগুম্বা চিন্নবা

মতমদা শোন্নবা লাকই। মতমসিদা মীওইবনা ওসি কাওবদা ইথমনী থুংলেম ওইরিবা ধ্রুবতারাগী মতেং লৌবদি থক তোকমদ্রি।

অসিগুম্বা মীওইববু লমজিংবীরিবা থৱাম্মীচাক অসিগী মরমদা মুংঙাইরবা ৱারী অমা লৈরি। ৱারী অসি যুগ কয়াদগী তানরকলবা ৱারীনি। ওসি ফাওবদসু তানরি। নখোয়সু করিগুম্বদা তারম্বা য়ারে। তাদবা কয়াসু য়াওরম-খিগনি হায়না খল্লি। ওসি ঐনা নখোয়দা অমুক হন্না লীথোকনীংঙ্গুনা লাইরিক অসি ইরিবনি। মসি পারগা করি ফংবগে হায়বত্তু য়েংলসি।

---

# ২শুবা মতাং।

পান্না মমাঙওৈদা নিংথৌ উত্তনাপদা কৌবা অমা পাল্লম্মী। মাগী রাণী অনী লৈরম্মী। মখোয়গী মমিংদি সুনিতি অমসুং সুরুচি হায়না কৌরম্মী। সুনিতিনা অহলনি অদুগা সুরুচিনা অতোম্বীনি। রাণী অনীমক মচানীপা অমমম পোকলম্মী। সুনিতিনা ধ্রুব অদুগা সুরুচিনা উত্তমা।

রাণী অনীসিগী মনুংদগী নিংথৌ উত্তনাপদানা হেন্না খোয়দাজবদি অতোম্বী ওইরিবী সুরুচিবুনি। অদুগী মরমদি মীওইবদি মাহৌশানা ফজবা শকপু উরুরগা শুম্মাংকল্লি। রাণী অতোম্বী সুরুচি মশক কা হেন্না ফজরম্মী। অদুনা নিংথৌনা হেন্না ফজবী সুরুচিবু লুনা চান্না তৌবসু হেল্লম্মী।

নিংথৌনা লুনা তৌবীবগী মতিক রাণী সুরুচীহ্ হেন্না কারাম চাউবী লুপী অমা ওইরকলম্মী। মানা নিংথৌবু মচে সুনিতিগী মনাক্তা চত্তদনবা হায়রম্মী। শকহেনবী সুরুচীনা হায়বা খুদিং নিংথৌনা য়ারম্মী। অসুম তৌদুনা মানা নিংথৌবু মতম খুদিংমক্তা মাগী মনাক্তদা লৈহনখি। মখোয় অনী কোয়থোক-মিয়ৈ, চামিয়ৈ, থকমিয়ৈ। অসুম্বা তৌদুনা নিংথৌগী মপুক্তা রাণী অহল সুনিতি অমদি মচা ধ্রুববু থওইরকখিদে।

নোংমদি নিংথৌনা মচা উত্তমা অমসুং রাণী অতোম্বীগা পুন্না লৈমিন্নদুনা নুংঙাইনা মতম লেপ্লম্মী। নোঙ্কা খেনা মচানুপা উত্তমাবু নিংথৌনা মতম্বাক্তা পমথংলদুনা নুংশিনা নানবীরম্মী। রাণী সুরুচীনা মচু উরগা মায়থোং মকা লাম্না নিংথৌগী মফমদা কেজরম্মী। মখোয় খুদিংমক হরাও তম্নাম্মী। নুংঙাইরবা মীৎকুপ অমত্তু অম্তাও ওইরিবা ধ্রুবনহ্ য়াওনীংজুই। মাসু মপাবুংগী মতম্বাক্তা তোংদুনা মনাওনুপা উত্তমাগা লোয়ননা শান্নমিন্ননীংলম্মী। খল্লুবা নৈতনা চেৎশিল্লক্কুনা মপাবুং নিংথৌদা মাবুসু পম্বীয়ু হায়রম্মী। রাণী অতোম্বীগী খুদোম্বীদা লৈথুবা মপাবুংনা ধ্রুববু উরগা লৌথোক্কুনা লৈখি। মাগী মা থওইনা তাখিদে। পাউখুম অমতা পীদনা তুমিন্না লৈখি।

মচুগী মহুত্তা রাণী অতোম্বীনা। ধ্রুববু খাম্মা খীনা হায়রক্লুনা মফম অতুদগী তাম্বোরকখি। মপুক্লীং মুংশিরবা ধ্রুবনা মমিত্তগী মপি চম্ভুম চম্ভুম শিম্বনা মমাগী মনাক্তা চেন্নকখি। অদুগা মমাগী মফমদা মপাবুংনা মাবু থওইনা তৌবীদনা অদুগীদমক হাকথচখি। কয়ারক হন্না মপুক্লিং মুংশিনা কপভুনা মমাগী মফমদা পাউদমখি।

ধর্ম্ম কায়জদ্রবী রাণী অহল সুনিতিনা মচাবু খেমখি। মমিত্তগী চেম্বরকপা পিবু হন্না হন্না তৈথোকপীরক্লুনা মতম্বাক্তা পামলগা চুপ্পীখি। অদুম্না মমাগী মুংশিরবা মবাইনা মপুক্লিং ফাখি। কাইনথংদা ধ্রুব কপ্পা তোকখি। মপুক্লিং ইঙলবা মতুংদা সুনিতিনা মচাদা হায়রম্মী —

—"ইমাগী নিংথেম! বারুগনু মতুগীদমক! ঐখোয়গী-দমক ঈশ্বর লৈরি। ঈশ্বরদি পুম্নমকপু উই। অচুম-অরান পুম্নমক মশক থগুই। মানা মানা তৌবা থবকী মহম্ম ঈশ্বরনা মতম থরগী মমুংদা শোয়দনমক পীগনি। নহাক্তী লানগে থনগনু। ঈশ্বরবু থাজো ইমাগী ইবুঙো। ভগবান নারায়নবু নীংলবদি মীওইবগী অনীংবা খুদিং ফংবা ঙমই। অমাবা থিবিক কোকপা ঙমই।"

মমাগী বারীদা অঙাঙ ওইরিবা ঙ্গথগী মিক্তগী নুরবা তরুং লাইজ শিহৎকখি। মমাবু নেংহুনা হংলকখি — "অহুদি ইমা! অহুক রাম্না খোঙাদ হৈরবা নারায়ন হায়রুয় মফম কদায়দা লৈবগে? মাবু মতৌ করম্না ফংগা ঙমগদগে?"

মচানা খঙলীংনা হংবতুদা মমানা মুংশিনা তাকপীখি— "ইমাগী মিংথেম! মাদি পুজকপু শেম্বীবা মপুনি! শকউ-দবনি। মাবু নীংজবশিংদতা মহাক্না মাগী খোঙানগী মিথয়েং য়েংবী। মাবু ঙাকপী শেনবী, নীংবা খুংহনবী। অদুগ ওইনমক মাবু তরাইনা ফংবদি ওঙ্গাথাকতে। মুনি ঋষিশিংনা চহি কয়া-কয়া চাদ-থক্তনা মাবু নীংজবগী মাবু ফংহুনা পুক্সি মহয় য়াম্নখি।

মখোয়গী থগ্মোয়দা ভগবান নারায়ননা মতম খুদিং ঙাক্ষোইহুনা লৈরবা মতমদা মীওইবনা মখোয়বু লাইনি হায়না নীংনে। পূজা তৌনৈ। শাম্বোম মরি পাল্লি। কুচুনা কুইনা হৌরকপা নোংগী কুচুনি। খুৎতা শংখ-চক্র-গদা পায়রবনি। কোক্তা মুকুট খোনবনি। মাগী শাদোংদি গরুড়নি। মাদি জগৎপু শেম্বীবা মপুনি।"

মগাগী ৱাহৈ খুদিং ধ্রুৱনা মুম্না তাশিনখি। মপুক্কীংদা ভগবান বিষ্ণুগী মুর্তি উরকখি। মাবু নীংজহুনা মাগী অচানবা ভক্ত অমা ওইনিংলকখি। করম থোকলগবা পীকলিবা ধ্রুৱগী ৱাখল অসিবু।

---

# ওশুবা মতাং ।

ধ্রুবগী বাখলদা মতম খুদিং ভগবান নারায়নগী বাখল থনখি । নোংমদি খঙহৌদনা মহাক ময়ানা ভূনলিংঙদা লোম্না হৌগৎতুনা য়ুমদগী মপাল থোকখি । মানা আথেংবা অহীংদা থোরকলিবা অসি ভগবান নারায়নবু উনবা চৎলিবনি । মাগী অকনবা লীচিংনা পীকলিবা ধ্রুববু লম্বী খঙদনা পুত্না চংহলখি । অশোংবা নারক-মোংশোং, উমং-রামং, চীং-পাং তুরেল কয়া লাম্না লাকখি ।

"হে নারায়ন !
হে বাসুদেব !!
নহাক কৈদনো ?
নহাক্কী লৈফম তাকপীরো
তোল্লবা ঐগী ইকম্মদা !!"

পীকলিবা ধ্রুবগী মচীন্দা য়াইহৈশিং অসি হন্না-হন্না হায়রকখি। মিংলু ঈরা হৌরকখি। মুক্তা মতুম কীস্থরকপগুম খজাই নাপোম অনী পিগী ঈরম ফাংলকখি। অসুকপা উন্নং কয়া ফাওরকখি। অশোংবা নারক কয়া লাল্লকখি। বনদা থেনংবা শা-কৈশিংদা ভগবান নারায়নগী লৈফম কৈদনো হায়না হংজরুই। অঙকপা অঙাঙসিগী মতৌ উবদা মী উবা য়াদ্রবা লমহুই অমদি শওমশিংনা তুমিন-তুমিন মরু লুথত্না য়েংলগা লৈহৌই। কৈ অমদি নোংশাশিংনা ঙংল ঙংলত্না ধ্রুবগী লম্বী তাকপীরকখি। অস্তুম্না মথং-মথং লাকপনা মমৈথংদা ভগবান নারায়নগী অশেংবা ভক্ত নারদ মুণিনা উপাল অমগী মখাদ "নারায়ন ! নারায়ন !!" হায়না লাইনীংত্না লৈরম্বা থেংনখি। নারদ মুণিদি ঈশ্বরনা যাবু নীংজবশিংগা মাগগী মরক্তা পাও খঙনবা থারকপা অশেংবা মুণিনি। পীকলিবা ধ্রুবনা কৌবসিদা ভগবান বিষ্ণুনা মাগী মনাই নারদবু ধ্রুবদা পাউতাক পীননবা থাবীরকপনি। নারদ মুণিনা ধ্রুবগী কপন-কপন কৌজবা নারায়নগী মিংগৌবু তারত্না খুংতা বিনা পায়রত্না লাই নীংলম্বদগী হৌগংলকখি। অদুগা ধ্রুবগী নাক্তা চঙশিল্লকখি। পীকলিবা অঙাঙত্তবু মকোক্তা নানবীখি অদুগা নারদ মুণিনা মুংশিনা হায়রকখি—"মুংশিরবা ইবুঙো ! নহাক্কী চহি মতাং অদুনা ঈশ্বরবু থিবা মতাং চাদ্রি। নহাক

য়াম্বমক অঙাঙ ওইরি। অদুনা নহাক্কী য়ুমদা ন্নুংঙাইনা নমা নপাগী মরুম থুগ্না লেল্লুখো। ঈশ্বর ফংবা হায়বসি তারাইবা থবক নত্তে। চহি কয়া মপোক কয়া কল্প তৌরবা তুংদতা ঈশ্বরবু মীওইবনা ফংনৈ। মহাক্কী সংসারগী অৱা অনা মশক খঙদনা ন্নুংঙাইনা লেনখদবা মতমনিনা। অদুনা নহাক নয়ুমদা হল্লো ইবুংঙো!

অসুম্না নারদ মুনিনা ধ্রুবগী মপুক্নীং খঙদোক্লবগীদমক হায়রক্লম্মী। মখা তাথরকখি—"নহাক্না হৌজিক্কগী ঈশ্বর নীংবা পামলবদি অফবা থবক তৌ! জীবশিংদা থৌজাল হৈয়ু। অফবা সঙ্গ তৌ! নহাক্না অহল ওইরক্তুনা জগৎ সংসারগী থবক থৌরম পাংথোকপা লোইরবা তুংদ নহাক্না ঈশ্বরবু নীংবা য়াগনি! হৌজিক্তি নয়ুমদা হল্লো!"

অদুবু ধ্রুবনা খুমলকখি—"মহাশয়! ঐগী ৱাথল অসি মতম খুদিংমক্তা ইমাতোম্না থুগাইবীরে। য়ুমদা শান্তি ফংনা লৈজবা ঙমদে। অৱাবনা থম্মা লৈ। জগৎকী অৱা-অনা খিবীকসিদগী লানবীবা ঙমবদি ভগবান নারায়ন নীংবতনা ওইগনি হায়না ইম্মানা তাকপীবদগী মাগী মফমদা চঙজনবা লাকচরবা ননাইনি। অদুনা ঐদি ভগবান নারায়নবু খিদবা

য়াদে। মাগী মফমদা চংজত্তুনা অরা-অনা পুম্বা ফোকচবা ওইজরগে। মাবু ফংবনা পুন্সি মহয় য়ানগনি হায়নৈ। তাকপীয়ু ঐবু ঈশ্বর ফংনবা লম্বীদু! হে ভগবান নহাক্তী জগৎপুম্ববু উরিবা মবুঙোনি। ঐগী অনীংবসি খুংবা ওইহন-বীয়ু.কা ইবুংঙো!" অসি হায়রত্তুনা পীকলিবা ধ্রুবনা মখুৎ লোম্নত্তুনা খুরুমজখি।

---

## ৪শুবা মতাং ।

চাংয়েং কয়া তৌরবদস্থ মপুক্লিং অনী লোঙদনা ভগবান নারায়নবু ফংজনিংলবা ধ্রুবগী মপুকচেল নারদ মুনিনা মুম্ না খঙবা ঙমলে । মমৈথংদা মানা ধ্রুবগী মফমদা ভগবান নারায়নবু ফংনবা লম্বী অমু তাকলকখি । মন্ত্র অসি নারদ মুনিনা ধ্রুবগী মফমদা তম্বীখি—

"ওঁ নমঃ ভগবতে বাসু দেবয়ঃ"

"ফুংশিন্নবা ইবুংঙো, মন্ত্র অসি হম্না-হম্না খীগদবনি । মহাক্কী থম্মোই অমু শেংবা তমগদবনি । শেংদোকলবা

থম্মোইদ্দতা ভগবানগী খোংদাফম ওইবনি। অমকপা, অমোৎপা থম্মোয়দা ঈশ্বর লৈয়্রু হায়বা থক য়ারোই। মাবু নথম্মোয়দা চেৎনা মতম খুদিং কোনশিনজো। মফম খুদিংমক্তা মহাক লৈরি হায়না নীংউ। পোৎ খুদিংমক জীব খুদিংমক মহাক্কি হায়না নীংউ! নশামক মঙোন্দা অথাকপা লৈতনা কখোকউ। অতুম তৌরবদি মথংগী মপোক্তদি থমবু থমখো, হন্দক মপোক অসিদমক ভগবানবু নহাক্না শোয়দনা ফংজবা ওমগনি।"

ধ্রুবনা পুন্নমক অসি মপুক্কীং চঙনা তারবা তূংদা হংলকখি— "অদুদি তাকপীয়্রু হে অথোইবা মুণিদেব! ঐনা হৌজিক মাবু ফংননবা মফম কদায়দা নীংজগদগে?"

নারদনা খুমলকখি— "মধুবনদা চংলগা শেংলবা জমুনা তুরেলগী তোর্ব্বন্দা ধ্যান তৌগদবনি।"

অদুদগী ধ্রুবনা নারদ মুণিবু মখোও শোকনা খুরুমজরগা মধুবনগীদমক খোঙশানখি।

---

## ৫ শুব্রা মত্তাং ।

মসিগী মতুংদা নারদ মুণিনা নিংথৌ উত্তনাপদাগী মফমদা থোঙ্গশানখি। অথোইবা মুণি অসিনা লেঙলকপগী তৌফম থোকপা ইকায় খুম্নবহু নিংথৌ উত্তনাপদনা উৎলবা তুংদা মাবু আসনদা লেঙশনহন্দুনা ঈশ্বরগী শক্তি চেন্নবা নারদ মুণিনা মাগী কোন্নুংদা লেঙলকপগী মরম হংজখি।

নারদ মুণিনস্থ নিংথৌগী মায়থোং ইমক মকশিন্না লৈরম্বদুগী মরম হংলকখি।

মাদুদা নিংথৌনা খুমখি ঃ "হে নারদ! করি হায়নবু পাউদমগনি। ঐগী লুংশিরবা চহি মঙাতমক ঙায়রিবা ইচা অদু মাঙখ্রেদো! মহাক পেন্দবা থরদগী জঙ্গলদা শাওদ্ধনা

চংখ্রমাল্লে। পীকলিবা অঙাঙ অঙ্গুনা তমথীরবা শা-কৈতনা খান্দবা জঙ্গল মন্নুংদা চঙ্গুঁরবদি করি শুইফম থোক্কনি? মাবু শামা চাখিবা নন্তনা অতৈ করিস্থু ওইরকসরোই। ঐদি মাঙজন্নরবনি হে অথোইবা মুণি!"

নিংথৌগী মতৌ উরগা নারদনা মোমোন নোকলদুনা খুমলকলম্মী — "বারুগনু হে কল-থৌরবা নিংথৌ! ঈশ্বরগী থৌজ্জাল লৈরিদনা! মাদি পুম্নমকপু উরিবনি।"

নিংথৌনা খুমলকখি — "অচুম্বনি মুণিদেব! ঐহাক খ্বাইদগী মতীক চাদবা মপা অমা হায়বদু ইচাগী মফমদা ওইখ্রবনি। করিগীদমক ঐনা নুপীগী মন্না লৌরুদুনা ইপুকথোক্কী ইচাবু তানথোকখিবা! হৌজিক্কা খাঙওমলকতে। উপাই শৈত্রবা পীকলিবা ইচাদুনা জঙ্গল মন্নুংদুদা কয়াগী মতীক অৱা-অনা নংলমগবা! মহাক করি চাদুনা করি থক্কনা হিংলমগনি? মফম কদায়দনো মহাক্না শুকলবা জঙ্গল অদুদা অহীং লেল্লমগদবা!"

নারদনা হায়রকখি — "নত্তে নত্তে হে নিংথৌ! অদুবদি অচঙবা মীনি। অঙাঙমক ওইরবস্থু থনথনবগী শক্তি ৱাংনা লৈবা নচানি! মহাক থক লেন্না মাঙগদবা অঙাঙ নত্তে।

মহাকনা অচৌবা থবক অমা পায়থৎপা হৌরি। থীনদনমক মহাক্কী মিংচৎ জগৎ শিন-থুংনা শন্দোকল্লকলগনি। হৌজিক হৌজিক ধ্রুবনা ঈশ্বরবু ফংননবা ধ্যানদা লুপলি। ভগবান নারায়নগী মিংথৈবু শক-শোন্দুনা মতম লেল্লি। থীন্দনমক ধ্রুবদি জগৎসিদা শকনাইরবা অমা ওইরগনি!"

পূন্নমক অসিবু তারুরগা নিংথৌ উত্তানাপদানা মঙলা তাইবংলা হায়না খনজান্নখি। অমুক থীনথবা তৌদনা নারদ মুণিনা ফম-ফমদগী হৌগৎলডুনা "নারায়ন-নারায়ন" হায়না শোল্লত্তুনা কোন্মুংদগী লেংথোকখি। অঙকপা ৱাফমশিং অসি তারবদা নিংথৌ, মহারাণী অনী অমদি উত্তমানা নারদ মুণিবু মখুৎ লোম্নত্তুনা খুরুমজহৌই। করি থোকলগবা পীকলিবা ধ্রুবগী মরাইবক হায়না মখোয় খুদিংমক্কী মপুক্নীং খোয়রাংনহৌই।

---

# ঙ শুবা মতাং ।

অসোমদা কমদৌরি ।

মধুবনদা ধ্রুবনা শেংলবা জমুনাগী ঈশিংদা ঈরুজথোক্লে । ঈশিং খুজোক-খুজোক কংত্তুনা পুক্রীং অনী লোওদনা জগৎকী মপুবু নিংশিংজরে । অদুগা নারদ মুণিনা তাক্লম্বা পাউতাক মতুং ইন্না অচৌবা উপাল অমগী মখাদা কমলত্তুনা ধ্যান তৌবা হৌরকলে ।

থা অমা হৌখ্রে । থা অমা অসি ধ্রুবনা উহৈতমক চাত্তুনা লেনখি । অস্লুনা অনীশুবা থাস্থ হৌখি । অনীশুবা থা অদুনা অকংবা নাপীতমক চাত্তুনা লেনখি । অহুমশুবা

থা অদুনা দুমিৎ ৯ নি খুদিংগী ঈশিংতমক থকলগা লেনখি। অসুম্না চাবা থকপা চওদনা পুক্রিং অনী লোওদনা ঈশ্বরবু ফংনবা লম্বী থিরকপনা পীকলিবা ধ্রুবগী মশম লেংপাক য়েরকলে।

থওহৌদনা মাগী মশাদ অওকপা মশেক মঙাল অমা ফাওরকপা হৌরকলম্মী। ঈশ্বরগী মঙাল ধ্রুবগী মফমদা পীবীরবা হায়বত্রা ?

মাগী মতৌ অসিদা জঙ্গলগী তমথীরবা শাশিংনা য়াম্না ওক্না য়েংলম্মী। শা-কৈ অমতনসু মাবু শোকনিং-পননিংবগী ব্রাখল পোকনখিদে।

অসুম্না চাবা থকপা খুত্তুম চম্লবা মতুংদা সোরগী শাক্সেল অম্মুক তৌবা হৌরকখি। মরিশুবা থা অদু মহাকনা য়াম্না লীক্না সোর হোনবা হৌরকখি।

মঙাশুবা থা অদুমা চুপ্পা ধ্রুবনা শুকলেং লেওদনা উচুক্কী মতৌগুম লেপলগা ধ্যান তৌখি।

অসুম্না হকচাংগী কয়াৎ খুদিংমক্কী মথৌ লাকশিল্লবা

মতুংদা ধ্রুবনা মখোঙ নাম্মতা লেপতুনা ধ্যান তৌবা হৌখি। অতুদগী গুইগী খোঙবীতনা লৈমায়দা নেংলগা ধ্যান তৌবা অমুক হৌরকখি।

য়েংঙ্ উ অঙাঙশা! কয়াদ কনথুবা ধ্রুবগী লাইনিংনো? মসিদগী ঐখোয়না করি ফংবা ঙম্বগে? মসিনা ঐখোয়বু মমল য়াম্বলবা পাউতাক অমা পীরি মতুংদি — পুন্সিদা থবক অমা মায় পাকনা পাঙথোককে নীংলবদি হীরম অতুদা ইপুক্লীং অসি পুমলুপ লুপশিনগদবনি। অদুতদা মায় পাকপা ঙমগনি। নত্রবদি মহয় চাবা ঙমলোই। ধ্রুবগী লাইনিং লম্বীগা অতৈগী লাইনিং লম্বীগা কয়াদ খেন্নথুবা!

অমুম্না মাগী ধ্যানদা নিয়ম ঙাক্না লুপখিবা অসিদা জগৎ অসি থাঙবা ঙমখিদে। স্বর্গ-মর্ত্ত-পাতাল মরোল অহুম অসি ধ্রুবগী খোঙবীগী শাফুবু পুবা ঙমখিদে। মশাদা মঙাল ফংলবা ধ্রুবগী শক্তিনা নমথরকপদা মরোল অহুম থক-থক নীকনরকখি। অমুম্না অহীং-মুংথিল নাইদনা মফম লেঙদনা নমথরকপদা থাঙবা ঙমদ্রবা পৃথিবী অসিদা ধ্রুবগী খোঙবীগী

মফম তাক্লনা লৈহৌই ! মসি ঐখোয়না ওসিন্থ পৃথিবীগী লৈমায়দা উবা ফংলি। বিজ্ঞানিকশিংগী লোন্দা ওসিদি মফম অসিবু নোর্থ পোল অমসুং সাউথ পোল হায়না খঙনরি। অত্তুদগী ধ্রুবনা সোর হোনবা লেপখি। মাগী সোরনা লেপখিবগা লোয়ননা জগৎ অসিদা লেঙলমবা নুংশীং পুম্না লেপখি। জীব পুম্না সোর হোনবা ওমদত্নুনা শিনবা হৌরকখি। মতৌ অসিদা লাইয়ামশিংনা খাওবা ওমদত্নুনা ভগবান বিষ্ণুগী মফমদা ব্রাকৎদবা বৈকুনথদা লাকখি। লাইয়াম্মা লাকপগী মরম হংখি। মত্তুদা লাইয়াম্মা খুমলকখি — "হে জগৎকী মপুং ! জীব খিবিক্কী থবায় ওইরিবা নুংশিং অসি খঙহৌদনা লেপখ্রে। জগৎসিদা লৈরিবা থবায় পাল্লবশিং চঙনা-চঙনা লেপশি শিনরে। মসিবু করিনো ? ঐখোয় খঙবা ওমজদ্রে। মরমতু খঙজনিংই !

বিষ্ণুনা খুমলকই — "মসিগী মরমদি নিংথৌ উত্তনাপদাগী মচা ধ্রুবনা ঐবু লেপনমক ফংননবা ধ্যান তৌরি। মত্নুননি। অদুবু চিংননিংঙাই লৈতে, থুনমক ঐনা মাগী মনাক্তা চৎতুনা মাগী অচেৎপা নিয়মতু লৌথোকল্লুরগে।"

লাইয়াম্বা হায়জরকই চানবীস্তুনা করিগুম্বা খর থুনমক পাম্নথংপীদ্রবদি জগৎ পুম্বা মাঙলগনি ।

বিষ্ণুনা খুমলকই— "ফরে হৌজিক ঐ ধ্রুবগী মনাক্তা চংলগে। মাস্থু থুনমক উননীংলে।" অস্নুম্বা হায়রদুনা বিষ্ণুনা মাগী শাদোং গরুড় তোংলদুনা থুনা য়াঙনা ধ্রুবগী নাক্তা পাইথরকখি ।



# ৭ শুবা মতাং ।

মধুবনদা ধ্যানদা লুপলিবা ধ্রুববু বিষ্ণুনা গরুড় মথক্তগী উরকই। মফম অদুদা ধ্যান তৌরিবা ধ্রুবগী নাক্ত গরুড়হু থুনমক পায়থরকখি। ভগবান নারায়ন মশামক গরুড়দগী কুমথরক্তুনা ধ্রুবগী নাক্ত লেপ্পা লৈতনা চঙশিল্লকখি। মাগী মাঙদা চপ লেপখি।

তপ্প তপ্প ধ্রুবগী মীৎ পাংথোরকখি। কয়াদ ঙকলবা ! মমাঙমক্তন্দা তশেং তশেং নীংজরিবা মুর্তি অদু উরুবমক্তন্দা হরাওবা অমস্তুং নুংঙাইবনা ধ্রুবগী মীৎ অনিমক পুমনং লংলকখি। মহাক্কী নুংঙাইবগী ঙমখৈ লৈখিদে। কুইনা নীংজবা মহাক্কী ভগবানমক্কা মমাঙমক্তন্দা লেপলদুনা মখুৎ তিংথোকলকলবা ফাওবদা ধ্রুবগী খোনাওদগী ৱাহৈ মচেৎ

অমম্ভচন্থ ওাঙথোকপা গুমখিন্ত্রে। ঙ্খীওইবগী ঙ্গীংজবনা খঙ-হৌদনা পুংলবদা হকচাংগী কয়াৎ পৃম্বা পঙশিনবগুম তৌই। লোন খোক্তে, লেও-ওৎপা গুমদে। অতুমক ওসি ধ্রুবগী মফমদা থোকলে।

মতৌনু উবদা ভগবান বিষ্ণু মোমোন নোকলে। মাগী শিষ্যগী মফমদা মাগী থৌজ্জালগী মশক ওইরবা মখুং য়েংমকনা ধ্রুবগী খজ্জাই নাপোম অনীদা নানবীরে। ধ্রুবগী থম্মোই নুংঙাইখিবনা ঈথক হৌরে। খঙহৌদনা মানা হায়দোরকখি—

"হে দয়াময়! জগৎকী মপু! তোল্ল-তারশিংগী মরুপ ওইবিরিবা! ঐবু ননাক্তা মতম খুদিং লৈহনবীবা য়াহনবীয়ু। ঐগী ইপাপ চেল্লবা কোক অসি নহাক্কী খোঙয়া উফুললক্তা মতম খুদিং তিপ্পবা পীনবীয়ু!"

মতু তাবদা নারায়ন বিষ্ণুনা নুংশিনা খুমলকখি— "নুংশিরবা ইবুংঙো! ঐনা নহাক্কী নথম্মোয় মশক খঙলতুনা ওসিদি লেপনমক ননাক্তা লাকলবনি। বাগম্মু নহাক্কী অনীংবা পুম্বা থুংবা ওইজরে। অতুগা নংগী পুক্সি চেংজেলনা লোই-রবা মতমদা স্বর্গদা লাকউ। মফমতুদা নহাক্কী মফম চাউনা

খাক্তনা ঐনা থমলবনি। মফম অদুদদি ঐগী মিংথৈতবু লাইয়াম্না শক শোম্নরিবনি। মফম অদুদা নহাক্কী মিংলেনবু "ধ্রুবতরা" হায়না কৌগনি। ভূংদা লাক্পা মিয়োলনা নঙগী লিচিং মথাদা থবক পাঙথোকনি। নহাকপু জগৎসিনা লৈরিবমথৈ মীওইবা জাতিনা শক্ল-শোম্নহৌরগনি। হৌজিক্তি নহাক নয়ুমদা হন্নখ্রো, নপাবুংনা নঙগীদমক য়াম্না ৱাহৌরি। মহাকপু উনরক্লবো। অফবা নিংথৌ অমা ওইদুনা নিংথিনা লৈবাক ঙাকল্লুরো।"

বর অসি পীরমলগা থুনমক ভগবান বিষ্ণুনা মাগী গরুড়দা লেঙখৎখি। বিষ্ণুনা হেক লেংখৎখিবগা গরুড় অদু থুনমক বৈকুন্থগীদমক শাথপ তোয়না থপতুনা মবুঙোবু পুখি। বিষ্ণুনা লেঙখিবা মঙালনা থল্লবা আকাশপু য়েংলদুনা ধ্রুবনা মখুৎ লোমদুনা খুরুমজখি।

---

## ৮ শুবা মত্তাং ।

মবুঙোগী য়াথং ইল্লহুনা ঞ্রবনা ময়ুমদা হল্লগে হায়না থল্লে। মহাক্কী মপুক্রিং অহু হরাও নুংঙাইবনা পীক থল্লি। ভগবানগী মীংথৈবু শক শোল্লহুনা ঞ্রবনা ময়ুম মায়কৈ তল্লা খোঙশানবা হৌরকখি। মহাক্কী নুংঙাইবগী মতৌবু উরবদা জঙ্গলদগী শা-ঙা শজি শাঙাইশিংনা চোংনা ফল্লা শান্নখি। মাগী লম্বী থৎল-থৎলহুনা মাবু য়েংখি। শুক্লবা উমং-ব্রাম্বং ফাওরহুনা ঞ্রবনা মাগী কোম্মুং তম্নলকখি।

ওসিদি নিংথৌ উত্তনাপদাগী কোম্মুং মম্মুং হরাও তয়া-ম্বনা পীক থনখি। মীপুম খুদিংমক মায়থোং মকা লাম্নখি। ঞ্রবনা মপোক মহয় য়াল্লবা ভুংদা ওসিদি অমুক কোম্মুংদা

হল্লক্রগনি হায়বা পাউসি তাবদগীনি। মহাক্কী মপাবুং, মমা ইবেম্মা, মনাওইবুঙো অমদি মমাতোন ফাওবা য়াওনা রথ তোংদুনা ধ্রুবনা লাক্কদবা মায়কৈদা মাবু ওকপা থোরকখি।

মতম কুইনগী তুংদা পীকলিবা ধ্রুববু অমুক হন্না উজবদা মখোয় কয়াগী মতীক হরাওজবা ! অঙাংশা ! নখোয় করিগুম্বা অসিগুম্বা থৌদোক অমা পুল্লিদা থেংন- রমলগনি থল্লি মদুদি মতম কুইনা কায়নখ্রবা মমল য়ামলবা পোংশক অমবু অমুক হন্না খঙহৌদনা ফংজবা ! মদু ফংবদা ঐখোয়না কয়াগী মতীক হরাও-নুংঙাইবা ! তমফম থোকলোই। ঙসিদি মখোয় খুদিংমক্কী থম্মোয়দা নুংঙাইবা নত্তনা করিসু লৈথিদে। পাম্মোম ব্রাংনা থাংগৎলদুনা মচাগী মফমদা মঙ্গল অশির্ব্বাদ পীখি। মচাবু হন্না-হন্না কোল্লদুনা চুপ্পীখি, নানবীখি। ধ্রুবনা মপাবুংবু খুরুমজখি, মাগী মরাল ঙাকপীয়ু হায়জখি। মমা অনিমকপুসু খুরুমজখি। সুনিতিনা মচাবু মথান্নুংদা চেংনা কোলদুনা হন্ম হন্না নানবীখি। সুরুচিনা মতম অমদা মঙোন্দা নত্তবা ব্রাথল থনখিবগীদমক ঙাকপীয়ু

হায়না হায়রজখি। মন্থু তাবদা ধ্রুবনা খুমলকখি—"ইম্না ! নচাদ অতুম্না খক তাকপীগন্নু ! ইমাগী মফমদা নচাগী মুংঙাইতবা করিস্থু লৈজদে।"

ধ্রুবনা হল্লকপগী পাউ অসি তারদুনা লৈপাক শিনবা থুংনা মুপী-মুপা, অঙাং মুপী খাক্তনা জগোয় ঈশৈ শরুদুনা লৈরক কোনশাং পুম্বা হরাও মথোই কানখি।

মতম ইকুই কুইনদনা ধ্রুবনা মপাগী মহুৎ শিনদুনা নিংথৌ ওইখি। প্রজা পুম্বা মাগী সাসন মখাদা ইন্থনা চিন্না পাঞ্জবা ঙমখি লৈবাক মরা তপখি। ধর্ম্ম কর্ম্ম মপুং ফানা পাংথোকখি।

মুংঙাইরবা মতম অসিদা নোংমদি অন্বাবা পাউ অমা নিংথৌ ধ্রুবগী মফমদা লাকখিরম্মী মহুদি—যুবরাজ উত্তমাবু ফত্রবা হিংচাবা অমনা হাংথে হায়বা অসিনি। ব্রাফম অসি তাবদা ধ্রুব অব্বাবা অমমুং অশাওবনা মশা অদু থক-থক নিকখি। পম্থবা তৌদনা মানা রথ তেংথুনা লমন খুম্ন-বগীদমক খোঙলেংখি। হিংচাবশিংগী লৈবাক য়ৌদ্রিফাওবা

অয়েক্পা লৈতনা রথ থৌখি। মানা কল থৌরবা লানমী খরতমক লোয়নখি। হিংচাবশিংগী লৈবাক য়োরক্তুনা নিংথৌ ধ্রুবনা মোইবুং ঙাংনা খোংগৎলক্তুনা লান শিংনখি। ধ্রুবগী লানবাও খোঙ্গেল তারবদা পন্থবা তৌদনা হিংচাবশিং লান শোক্লনবগীদমক চেঙ্খোয়রকখি। মখোয়গা লোয়ননা মশিং লাক-ওমদ্রবা লানমী য়াওরকখিরম্মী। মায়কৈ মরি মক্তগী পুম্মম মক্লা হিংচাবশিংনা লান্দারকখি, ধ্রুবনস্থ হিংচাবশিংগা নিংহম্মবা লৈতনা মায়য়োক্লখি। অঙকপা ফংনা হিংচাবশিংবু হাৎলকখি। য়েন্দেম থরাক শোয়বগুম ঈশ্বরগী শক্তি চেল্লবা ধ্রুবগী অশাওবগী মাঙদা হিংচাবা অমতনা মায়য়োক্লতুনা কুইনা লেপ্পা ওমখিদে।

অঙাংশা! নখোয় করিগুম্বদা পাংখোকলানা থননা হৌবা খোংবান-লুকলাং থেংনখ্রবরা? মতুদা নখুংতা শাক্তৈ অমা পায়রগা নখোয়না করিগুম্বা নপাঙ্গল থোক্পা হন্ন-হন্না কল্লবদি মংলম্বা পাংখোকলা পম্বা মীৎনা কুপ্পদা তাকখিগনি।

ওসি ধ্রুবগা হিংচাবশিংগা পানরিবা লানফম অসিস্থ অহুগুম্বনি। মাগী মাঙদা হিংচাবা পুম্বা ভুম্বা শিরকখি।

থৌদৌ অসি ধ্রুবগী মপাবুং উদনাপদাবু পোকপা মপু "মন্নু" না স্বর্গদগী উখি। মগী ইবুঙোগী নিয়ম য়াওদবা অশাওবনা মাংওইনখিবদগী পংহাৎ হাৎপা অসিবু মানা য়ানিংখিদে। মসি থুনমক লোইহনবগীদমক "মন্নু" না ধ্রুবগী মাঙমক্তদা লানফমদা লেপলখি।

"হে ধ্রুব! অসুম্না হাৎপা মীহাৎসি লেপখো। নহাক্কী পরমা হরি ভক্তনি। অশাওবদগী নপুক্কীং ফাজিন-গদবনি। ভুক্কচরবা শাজৎ অসি থাপনা হুন্দোকখ্রো।"

ধ্রুবনা মহাক্কী মরাল য়াজখি অমসুং খুৎতগী খুৎলায় থাদোক্তুনা মপুগী মফমদা নোলুকচখি।

অঙকপা ধ্রুবগী মপুকচেল, মথক থোংববু ইকায় খুম্নবা, অহল-লমননা হায়বা ইনবা অসিদা পেল্লক্তুনা লনগী মপু কুবেরনা লানবন মরায়রুদা থোঙলেঙলকখি অদুগা ধ্রুববু কোল্লক্তুনা হায়রকই — "হে ধ্রুব! নহাকপু তশেংনমক থৌজানবীরবনি। নহাকনা নহাক্কী অশাওবা পুম্নবু জীবশিংগী য়েংদুনা ফাজিনখিবা

ঞ্চম্বগীদমক ঐহাক পেন্নে। মসিগীদমক নহাক্না ইফমদগী অপাম্বা বন্ন অমতং নীন্নুদনা ?"

ধ্রুবনা খুমলকখি — "হে লনগী মপু ওইরিবা কুবের! ঐগী করিস্থ অপাম্বা লৈজদে। ঐনা পামজবমক্ত হায়জরবদি ঐহাক্না মতম খুদিং ভগবান বিষ্ণুগী খুয়া খাদা ইকোক অসি লোপ্পত্তুনা লৈবনি।

ধ্রুবগী অনীংবা পুম্বা থুংজরো হায়রমলগা লনগী মপু কুবের মফমতুদগী মাঙখিরম্মী।

অঙাংশা! অঙকপা ধ্রুবগী পুকচেলনি। ঐখোয় মীওইবনা লনগীদমক শিবা কিদনা শু-নোমলি, পাপ লংশিল্লি। কুবেরগী মীৎয়েং মচেং অমতং তাবীরকপা হায়না সনা-লুপা, অজা-পুজা কয়া কয়া কংনরি। ধ্রুবগী মফমদদি কুবের মশামক্না খোঙ-লেঙলক্তুনা মাগী অপাম্বা পীরগে নিজরো হায়রফাওবদা ধ্রুবনা অতৈ সনা-লুপা, লন-থুম ব্রাফম অমতা পনখিদে। মাগী অরেপ্পা পুন্নীংনা খঞ্জখিবা ভগবান বিষ্ণুগী চরন্নতবু নিজখি।

ময়সিনা তাকপদি ধ্রুবদি পুকচেল অনী লোওদবা অশেংবা ভক্তনি হায়না তাকপনি।

ধ্রুবনা মাগী কোন্নুংদা অমুক হল্লকলগা ইংনা তপ্পা লৈবাক ঙাকলম্মী! মতম কয়া অমা লৈবাক প্রজাগীদমক য়াইফনবা খন্দুনা লৈঙাক সাসন পায়রমলগা মচানিপাগী মফমদা নিংথৌ খুভম শিম্মরম্লগা মহাক হিমালয়গী বাদ্রিকা আশ্রমদা চংলম্মী। মফম অদুদা মানা অঙাং ওইরিঙৈদা ফংজখিবা মবুঙো নারায়নবু অমুক হন্না ফংজনবা ধ্যান তৌবা হৌরকখি। ইকুই-কুইদনা মনাইগী নীংবা থুংনবগীদমক বিষ্ণুলোকতগী অরংবা মশেক মঙালগা লোয়নননা শগোল গাড়ী অমা মর্ত্তলোকতা থাদরকখি। থুনমক রথ অদুনা ধ্রুববু হাপকংলতুনা নোংদোল লম্বী পাংনা মুংশিংকী মাঙ থানা থৌগংখি। মীওইবনা হোম-জপ কয়া তৌদুনম্নু ঈশ্বরবু লেপনমক ফংবদি থক ওইথোকখিদে। ঐখোয়না লাংজরিবা পুম্বা মথং মপোক-কীদমকনি হায়নৈ। অদুবু য়েংঙু অঙাংশা! পুকচেল অনী লোংদ্রবা ধ্রুবগী মফমদদি মতু অরানবনি। মাদি চঙনা

স্বর্গ কাবা হায়বত্তু থোকখিবা নত্রা ? শিরগা থবায় চেকলানা পাইরগা ফংগদবা লাইগী লৈবাকপু ধ্রুবদি চণ্ডন-চন্ডনা মবুঙো শ্রীবিষ্ণুনা দোলায় থাদবীরক্তুনা স্বর্গ কাবা ঙমখি।

মবুঙোগী থৌজালগী মরিক ফংজরবা ধ্রুবনা মথম্মোয়দা বিষ্ণুবু নীংজদুনা খুবাম তরা লোয়নদুনা মোমোন নোক্কা স্বর্গগী লম্বী তমখি। মুমিৎসিদগী হৌনা স্বর্গলোকতা থবাম্মীচাককী মশিং অমা জগৎশেম্বা বিষ্ণুনা হেনগংহনখি। মত্তুনা পুন্নমক্তগী চাউনা লংনা ঙাম্না থমখি ! মতুনা চহি চুপ্পা ঙালহন্দুনা মীওইবা জাতিবু লম্বী তাকপীখি। অদুগুম্বা থবাম্মীচাক অদুগী মমিং "ধ্রুবতারা" হায়না ঙসি ফাওবা খঙনরি !

মতম খুদিং থম্মোয় শেংনা থবক তৌরবদি
মদুগী ফল ঈশ্বরনা লেপনমক পীবী।
ঐখোয়না কনা খঙদে উদে হায়না খল্লুবা
অমকপা পুকচেলগী অরানবা থবকতি
পুন্নমকপু ·উবীরিবা ঈশ্বর মহাকনা
অকনবা চৈরাক পীদনা খক তোকতে।

ধ্রুবতারাগুম জগৎসিদা মতম খুদিং ঙানবীবা
থম্মোয় থম্মোয়দা লমজিং লমতাকপীবা ঙমগদবা
থবকতু পায়সি ঙসি ঐখোয় অঙাং ওইরিঙৈদগী
অরানবা বাখল থাদোক্কুনা
অচুম্বা থবক্কীদমক থবায় থাদোকপা পাম্মুফদে।
ঈশ্বরগী থৌজাল নত্তনা
মাগী মনাই ওইবা ঐখোয় মীওইবনবু
করিদি পাঙবা ঙমগদবা ?
অশেংবা থম্মোয়তদা মপু মানা ঙানবীবনি
থম্মোয় মন্দির মনুংদা মানা ঙানবীরবতদা
মীওইবনা মঙ্গল ওইঙম্বনি থবক খুদিং ॥
অতুনা হে-নুংশিরবা অঙাংশা !
তুংগী য়ুম্বী ওইগদৌরিবা !
মানা থম্মোয়দা ঙানবীনবা
থম্মোয়সি শেংদোকলসি ঙসিদগী ॥

লোইরবা



## Children Book Series দা ফোঙথ্রবা

## অহৈবগী লাইরিক

১। জীবশিংগী রারী ( ১বা শরুক )

( ১৯৮৭ কী ১বা মনা ফংথ্রবা )

২। লেঙড্রবা মণ্ডাল

( ১৯৮৮ গী ১বা মনা ফংলবা )